# চেংলৈরোন

—:(·):—

ইজবা—

শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ

ককচিং খুলেন মোইরাংথেম লৈকাই।

অহানবা খুৎনমদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেং ফংঙ্রবা।
মণিপুর বিশ্ব-বিদ্যালয়না Old Manipuri Literature গী
Text Book ওইনা খনগৎপীরবা।

---

# চেংলৈরোন

—:(•):—

ইজবা—
শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ
ককচিং থুলেল মোইরাংথেম লৈকাই।

কোংজবী: এনঃ চন্দ্রাবলি দেবী

কোপী মশীং: ১০০০

অহানবা কোংবা: জানুয়ারী ১৯৭৯ ইং।
অনিশুবা কোংবা: মে ১৯৮৯ ইং।

(ফংংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি)।

মমল লুপা: ৮-০০

লাইব্রিক ফংংফম: ১। অইবা মশাদগী।
২। সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

---

নম্ফম: দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং বাজার, মণিপুর।

# ৱাহৌদোক

মণিপুরদা চৎনরিবা মঙাং ( নিংথৌজা ) লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাংনচিংবা শলাইশিং অসিগী মমুংদা চেংলৈ ( থাবা ) হায়বা কাংলুপ অসিমু অমনি। কাংলুপ অসিগী নিংথৌরোন মথং মথং ইবা লাইরিক অহুবু চেংলৈরোন কৌই। শলাই খুদিং মা মাগী নিংথৌরোন মথং মথং ইবা লাইরিক অমমম লৈ। মহুদি মৈতৈ নিংথৌরেন লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোন, খুমন কংলৈরোন, অঙোম লোননচিংবনি।

চেংলৈরোন কৌবা লাই'রক অসি মৈতৈগী নিংথৌরোন লম্বুবা, মোইরাং নিংথৌরোনগুম্না অচৌবা লাইরিক অমমক ওইত্রবমু থাংয়ি তাঙবুং থোংদৌবদগীনা য়োইকামু অতোনবা ফাওবগী মরমদা ইবা লাইরিক অমনি।

পম্বৌ ( নোংমাইথেম শঙ্কৰ্জ্জন ) না থম্বীরম্বা লাইরিকশিংগী মমুংদা "চেংলৈরোন" অসিমু য়াওরমই। লাইরিক অসি বাঙ্গলা মযেক্কা ফোংদোকচগে নিংজরকপা মতমদা শ্রীযুক্ত নাওরেম অমুয়াইম্বা সিংহ, পণ্ডিত অচৌবনা কোপী অমথক পিবিরকখি। লাইরিক অসি নম্বা হৌরমদাইদা শ্রীযুক্ত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ওঝা অসিনসু কোপী অমা পিবিরকই। পুকচেল চাওরবা ওঝা অনি অসিনা কোপী অমমম পিবিরক্কুনা লাইরিক অসিবু

ফোংনবা হোৎনবদা কোপী অনি অহুম য়েংজনবগী খুদোং চাবা ফংজখি। অসিগুম্বা শুধোংচাবা ফংহনবীরিবা ওঝা অনি অসিবু হন্না হন্না থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা বাহৈ বাতা ওন্নবা, চৈতপ মুংতপ বাংপনচিংবা অশোই-অভাম কয়ামুক য়াওরমগনি। মতু পুম্নমক পাবীরিবশিংনা তাকপীরক্লবদি হন্নাওনা লৌজগনি।

লাইরিক অসি ফোংনবগীদমক "মণিপুর ষ্টেট কলা একা-দেমী" না শেলগী তেংবাং পীবিরকখি। তেংবাং অসিমক নৎলম-ত্রবদি লাইরিক অসি ফোংদোকচবা ঙমলমগনি নিংজদে। লাইরিক অসি ফোংদোকচবা ঙমহনবীবগীদমক "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী" বু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অইবা—

ককচিং, শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ

তাং ১৪ | ১ | ৭৯ ইং, ককচিং খুনৌল মোইরাংথেম লৈকাই।



# অনিশুবা খুদোকোংদা

নারক্লা শাংপা লৈরাংগুম, ঈরোনম্নুংগী মণিগুম, চিনবীনবা য়াওদ; থংবীনবা লৈতনা চহি চা কয়া অসি লৈরকলি অরিবা মণিপুরী সাহিত্যনা কাংথ থাংগুম। তৌবীরম্বা পাওরো থায়নগী অহলশিংনা "লম্বী অমনবা থি ফাইজিনগন্নু" "অহলগী মথিনা চক্ষু মেল্লি" চুমথ্রবা বাহৈনি পাওরোশিং অসি। থিরক্লে ওসিদি মণিপুর বিশ্ব বিদ্যালয়না অমনবা চৎনরুত্রবা লম্বীশিং। তানজা আসদা অরিবা লনগৈগম্নুংদগী অনৌবা ময়েক্তা ওক্ষোকচবা চৈংলেরোন কৌবা লাইরিক মচা অসিবু অরাংবা থাক্কী "ওল্ড মণিপুরী লিটে-রেচর" গী টেক্স বুক ওইনা লৌশিনবীবা অসি ইপা-ইপুনা থাবীরম্বা কৈরাক কাজনিংবশিংদা অনৌবা থৌনা হাম্নীবনি হায়না লৌজবগা লোয়ননা মণিপুর বিশ্ব-বিদ্যালয়গী কর্তৃপক্ষবু থাগৎচবগা লোয়ননা ঈশ্বরনা অফবা মঙ্গল পীবিনবা খুক্কমজরি।

ককচিং,

তাং ২০।৫।৮৯ ইং, অইবা—



# ৱাহৈ খরদং

খা নোংপোক এশিয়াদা লৈরিবা মীওইশিং অসি লোন অমসুং শক্তী মায়বা লৈবদগী হৌরকফম তিমৈ হায়না লৌনৈ। মতমগী মখুংদা তিবেতোবর্মান কাংলুপ্তা য়াওরিবা মীওইশিংগী মরক্তা লৈবা মরীনা য়াম্না নক্নৈ। হায়রিবা কাংলুপ অসিদা য়াওরিবা মৈতৈ অমসুং বর্মীজ অনীগী মরক্তা লৈবা মরীনা অমুক নকশিনবা হেল্লি। বর্মীজ কাংলুপ শারকপদা য়াওরিবা মোন হায়রিবা অঙনবা কাংলুপ অসিগা মণিপুরীশিংগা থোইদোক্না মায়বা অমা লৈ। কাংলুপশিং অসিগী ইতিহাস থম্লম্বদনি। থাঙ্গৈশেংনা য়াম্না শাংনা ইবা হৌজিক্কী ইতিহাসকী শক্তি নত্তে, তেম্না ইবা লৈবাক্কী থৌদোক, নিংথৌশিংগী মিং অমসুং অতৈ লমগা লৈনবা মরীশিংগী মরমদা ইবনি। অসিগুম্বা লম অসিদা লৈরম্বা তোঙান তোঙান কাংলুপকী হায়বদি নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, মোইরাং অমসুং অঙোমনচিংবগী ক্রোনিকল থম্লমই। মখোইশিংসিগী মরক্তগী মৈতৈশিংগী ক্রোনিকলনা খ্বাইদগী লিরবনি হায়না থাজনৈ। অতৈ ঐখোয়না তানরিবা ক্রোনিকলশিংদি খুমন, লুৱাং অমসুং মোইরাংগীনি। চেংলৈ অমসুং অঙোমগীদি কয়া তানবা ফংনদ্রি মখোয়সু মণিপুরদা লৈরম্বা মরুওইবা শলাইশিং ওইরবসু। মরম অদুনা শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহগী অরিবা লোন্দা, অরিবা ময়েক্কা ইদুনা লৈরম্বা "চেংলৈরোন" অসি বাঙ্গলা

ময়েক্তা ইথোকপীহ্নুনা, অনৌবা লোনগী অর্থপা লোয়ননা পুথোক-পীরকপসি মতম য়াম্না চায়। অমসুং মীয়ামগী অমদি ছাত্রশিংগী মতেং য়াম্না ওইরগনি হায়না থজে।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা চহীগী ওইনা লাইরিক কোও-নবগী অওম্বা শেনফম পাংনবা হোৎনজে। মহুগী মনুংদা ফোঙদ্রিবা অরিবা লোন্দা লৈরিবা লাইরিক পুথোক্কবা হোৎনবদা থোইদোকপা পুক্নিং থিংজিন্নরি। অহুনা পণ্ডিত মনাওয়াইমাগুম্মা অতৈ পণ্ডিত-শিংনসু অসিগুম্বা লাইরিকশিং পুথোকপীরক্কনি হায়না থাজজে।

শ্রীসিএচঃ মনিহার সিংহ

ইম্ফাল, সেক্রেটরী,

জান্যুয়ারী ২৭, ১৯৭৯ ইং। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি।

# চেংলৈরোন

—:(•):—

হয়িচা হয়াহে, হে খোইয়ম সিদবও। তাইবং নমুপোংনা চিংনা, থবাই নিংশা পাম্না হোল্লিবা খৈবীকী। কোরৌ মনোংথৌ চিংঙু বাংবা মকাশা তাও। খোইয়ম সনা মথোংথাদা ইরাকমনা মানবী খুদপম্না, মুকমু লৈতোল কোম্না পুক্রমজরক্কে। হয়ি, খুন্নুং লাংব চকডৈগী লৈন্নুং খুন্নুংশৈ অরিবা, খোইয়ম লাইগী রা অরুবরু খল্লাং পরারোন, ইরেং পুরা শৈবু হয়া লাওনা শৈথিরক্কে।

নাহনবোং হয়ি খুন্নুং লাংবা চকডৈদা থাংয়ি মনিন নাই, চেংলৈ তাম্বানা পাজমডৈদা। চেংলৈ মনিংথৌদি থাংয়ি খোংজোম্বাও তৌনা কৌএ। পোইরৈ তাম্বোং মমুং কুই লেমথোং মফৈ পাকপা পুংস্নুং মমুম থাংয়ি মনিন নাইবা পুংস্নুং তাম্বোং লেমথোংও তৌনা কৌএ।

তাম্বোং লেমথোং কৌদরিডৈদি খোইয়ন সিদবা, চিংঙু নামুংবনা মালেম লৈশেমলকডৈদা লৈপাক নোংথৌ, মুমিৎ থা, থবাম্মিচাক, খোংজোম মুবী, ওইপুরোই তাওহইরেং, মনি অমৌ

শিনতাকনবী, য়াওবা থুংলোম উতোংকোল, নালবম শনগোন লুরোং শনগোন, থারোং লাইরেন, লাইমৈকক লাইমৈশাং, ওংদরিংৈ [১]অপোক চাদা লাইহুই হৌদ্রিৈ [২]অতিংঙা মিংয়েং অতাম্বদগী খোঞ্জেল উংকার থোক্লা চোংথোকলকএ। মশক খোইয়ম ওল, চিংঙু মশক মমনা। শয়াং ওইরম হুন মোমহু শক্তাম্না লৈমরেন অবাংবী কৌনা শালওল্ল- বদা খোইয়ম পাইমা উলগোইমুংগী চিংঙু ফিথুপ অহুমম্নু য়াংলৌ লমদাং ওইনৈএ। তাঙ্গোং মমুং ইম্না চেম্নরবদি উকাক লাথাও কৌএ। লেমথোং মফৈ কাওনা চেল্লবদি লেঙ্গোংও কৌএ। খোইয়ম ফিথুপ অহুমমদি সিদবা মপাল ওইএ। নাদবা মউ ওইনএ হায়বগী তাঙ্গোংও লেমথোংও তৌনা কৌএ।

লৈমা তাম্বু নিংথৌ কাংবনা পাল্লমএ। তারা লৌচেল পাংপু কাওরেন শনঙ্গু (শনগু) হোইগুম্না মথম্না (মথঙ্গা) চংলমএ। লেমলৈ ঙাথৌয়াংম্নুং তালা ঙায়ান উদা পাল্লমএ। শারেন শাম্নুং পামেন ঙায়ান উদা ওংলমএ। ইঙা লৌখোং চেনগুম চেল্লমএ।

মোরিয়া কম্বালচা মহাকথক্তি লাইজ তরংথক চিংলেন পালংলা অওনবদা সনা খোংনাং নারেংবনা, চুবা উশা সেংওই- নভৈদা খোইয়ম মমৈ বাইনা চিংঙু মতুং শম্বদি নিংথৌ সরারেন অহুমমনা লৈকু মুমওইন লৈরাই শংশাম্না চিংঙু তানথোং নাকোকপা,

---

১। শুরু নত্তনা কনা অমতা লৈত্রিৈ। ২। অতিয়া মিংয়েং অবাম্বদগী।

লেমথোং হাকুবা কৌনা য়ারীওম্বদা নয়ু তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেন পাথংববু কোরৌ নোংলাংপান য়োইময়.ই সত্তম মুংদগী কোয়া থুনগুনলক্লবদা খোইয়ম তাম্বোং হাকোকপা; লেমথোং হাকুবনা কংলৈ মকম চাই; থাংপোক ইকমশিনা চাইথোকখিএ। লাইরেন মৈতেংগুবু চিংশিল্লমএ। তাইবং কোইজানবা খুংগ্নু খুংলাই পুম্মকপু শমু খুংশিন্নরমএ হায়দবরা?

খোইয়ম অহুমমনা তুবী চেংলৌ মশক মায়া, লাইরেন ময়েক অরাববু তাইবংপুমনা নোংশারবগী চিংগু অহুমমনা তাইবং খুননিংথৌবু ওইবা ওমৈতেন হায়না নিংখরে। চাকশং লৈনা শা, খোইবুং লৈনা থল; থাংপোক মকম তাও, ইকম মকম শেমনা য়োইজায়খিএ। নোংদা লাইরেন পাথংবনা চিংগু সরারেন অরিবা অহুমমও নংখোইগী তাম্বোং নকাইকম, লেমথোং নয়ুমনাক, কংলৈ পুংময়োনবু তুবী ইখুংনেং, লাইরেন ইকাইফগু ওইরে, লৈকু লৈরোইগুংদা করম্মা হায়া য়ুমদমলম্বনো? করম্মা হায়া য়ুমদা ওাম্বনো? খোইয়ম নংখোইদি নরান কাদাইয়মদা য়াঙ্গোইথিগবনো হায়না পাওমেল্লববু সরারেন অরিবা অহুমমনা চিংগু ঐখোইদি তুরেল লাইজ ঈরাংমদা (চেংলৈরেন অরিবা অহুমমনা চিংগু ঐখোয়দি তুরেল লাইজ ঈরাংমা,) চেংলৈ লমমহন্দা, চিংগু অরাংকোন্দা য়াঙ্গোইগে হায়না য়াঙ্গোইখিএ হায়দবরা?

হে লিক্লাইও খোইয়ম শালওল য়াম্বদি থংওমলোইএ। খোইয়ম অহুগী মযোমলেন্দি নবেন লেমথোং লৈশাংলৈমা কৌএ।

লেমথোং অহোংবা মঙাং নিংথৌ চন্থু নোংচুপ তাফুরোন আত্তেরে শাফুত্তৌ। মঙাং হাওদময়া, শিংশিক মাইরোং শেম্বা থুদেং মাইথা তাওবা, নোংনাং হুমচিং ময়াং তেনবাই লোইজিং কৌ-ওইজিং। লোইমোম ফৌওইবী মথুরোন, উম্মুং পাংমশংয়া, থাংজি নারেংপোক। পামেন শয়িমৈখাংবা হৌবা মরমথৈ। নোংচুপ বাংলেন পুংদম্বদি পুংদমবাই, তরেৎ শেন্দম্বদি শেন্দমবাই। মঙাং কোয়ী থারাওসেং, থোংলেন লম্বাও বাকনা কশা পাও-তাকপারম, মচল লৈমা কাও-উনরম, মনিম লৈমা কাওথোক্লরম; লাইরেন হোংনেম য়োই খুঙাও, লুকয়ি সেলোইনাই নোংচুপ মঙাং ওম্বা চোইনৌ সনা চুংশেনকোনবু পুমনা চামা অশৈ লমলেন শকপা, মঙাং নিংথৌ চন্থু, পাইমা সনা লিনগোইগী থাংয়ি খোংজ্রোম্বাও তৌনা কৌএ। থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা পাখং মথোকলক লাংজেং মকারকপদা তালোই মরুম্বী য়োইরুমলোন য়াওরৈবা চম্বুবু চেংলুক লমকৌম্বু ঙাবা পাওতোংয়ান মাম্মা মশিংস্থ হৈরু পোৎতম শেমনা মরান লুহোং থোংদোংলবগা, থাংয়ি মরাল য়াইদা য়াঙ্গোইরবদা হৈরাং মচা য়ান, ঙাইরোং তাওজিং মরু পামববু, লোইদাম থা অহুম শুরবগা মৈতেংঙু নাওথম্বনা তালোই তুরক থাই। থংলেন বারক থাইনা মুম্মবগী থাংয়ি খোংজ্রোম্বদি তাংম্ব মরুলুক, মালেম খোংবী লৈথৈ য়েংনা মদোম পাংহাং নোংজেং ওই। থরা থমনোং ওইরবগী মদোম য়াইবী কলহৌনিং। তিল্লাং মথোই শাওনা মরোই নোংবান

কানাকপা, চুপৈপাংগা সেলোই চিংলাংবৈদা কানবা কামিল্লখিএ। লংবাই ইরোক লাইশম পালবা কৈয়াম সেনময়োক। কৈরাও চিংপাকপু মাইজম শিংজং লেংদা থোংনা চংখিএ। থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা ময়োই নোংবান কানাকপাদা য়াহমখিএ। ইবিঙাদি চিংঙু লাইবক খিরে। য়াংবন কশা চাওবৰু ওইরে। খোইয়ুম উদবা চিংঙু নামুংবনা লনকুস্নুনো। পামেন অঙলবা তালা অরেম্বৰু [১]তারা চাস্নুনবা হযেং পোইরৈ চাদোন্না য়ারীনস্নুনো। [২]শুমলেন মাইপাকপা। [৩]শুম্বী পোকশুম লাইতাংবাবু তাওথংসে হায়না শিংজং লেংলোই তাম্নিরৈদা [৪]য়াকলেন তোন্দাংবা লাংলেন কোংয়াং য়াতোনথক্কী য়ানি থিদা নারেংবনা মালং চৈরোইম্না থারকপৰু। থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা শমু খুংনা ওক, যৈরা তান্দা থোংনা মালেম লয়দা ওন্না মিকপখিএ। লাংলেন য়ানা শংনা তারকপী নংবু তালোই ইরুম্বী যোইকমলোন য়াওরৈবা চম্নুবু কয়ম মানবনো কলকএ। পামেল উয়াম লক অসিদা ইদোম পাংহাং নংজেং ওই [৫]থরা থনোং ওইনা করম য়াঙ্গোইসিবনো হায়না য়াওইরিঙৈদা ময়োই নোংবান কানাকপনা মুংশি মখৈ লৈতনা য়াহমখিএ।

য়ামা নিংথৌ থাংয়িবও নংবু খোইয়ুম লাইনা লনকুশুনো। অরা হুইরাং সোনন মিকপলগুনো। য়ামা য়াওরৈবা চম্নুবু থোইনা

---

১। ফৌ শুননবা। ২। শুম্বল মমাই পাকপা। ৩। শুক শুম্বল অফবা। ৪। য়া য়ামনা চাও শাংবা মতোন্দা মনাদা মশাদা শিঙ্গ লৈরবা। ৫। পাঙ্গা ওইনা।

হেন্না কবা লৈএ। কোরৌ নোংদা কানা নরোই ঐ [১]হোইথিক্লগে হায়না নোংবান কানাকপনা চিংঙু নোংথৌ সন্নারেনবী [২]কোরৌ মথোংজিন, থাংবল মরাক চিংবু ইন্দানথিএ হায়দবন্না ?

হে লিকলাইও অৱাং পাথং য়োইরেনবগী মমোম সনা খোম-মদোন মেন্নু (পেন্নু) কৌবীবু কোরৌ নোং মুংনাং ফাওখং কোন থাংবন মশাইকোম্মা তরেং খোংকাংলৈ [৩]থাপলৌ মরিন সিং [৪]মোংবা ভাজিন হান্না শুমাং মুংনাং গাম, মঙ্গোল য়াথোকলম্বদা য়োইবু [৫]শিনস্নু লুক্তা নোংবান কানাকপানা মমৈ থুপ্না চোংশিনখিরে। য়োইবু শিনস্নু লুকপু [৬]মালং চৈরোইম্না থমগোন লেংদিম্না কানাকপা য়াদা চিকনা, লাইজ ইরৈ চনগুম [৭]শুমাই রাইপুল থক্তা পুথরকএ। য়োইবু নোংলৈমনা মালং অয়াংবা থমগোন অহুম্বা অসিবু করি থানো হায়না তান্নরকপনু, নোংবান কনাকপনা মরৌ লৌগা হৈনা য়োইবু নোংলৈমবু ভাইথোং শিনস্নু লুক্তা হাপনা মালং ফেজ্জি ওইনা

১। ঐ থিক্লগে।

২। নোংথৌ সন্নারেনগী মযুম (কোন্নুং) তমনা চৎথিএ।

৩। তরেং লৈনা লৈনা মোইথাপ মনাদগী লং থুং ওইনা শাংনা চিংথোকপা।

৪। তরেং য়োক্তা (য়োক্রেংদা) লং লৈশিনবা (লংহুম শাবা)

৫। মুপীনা কি শাবা মতমদা লং অমসুং হুম লংচাকনচিংবা হাপনবা লুক শিন্নাই লুক (য়েন্নাই)।

৬। মুংশিংকা ইরোইননা। ৭। শুমাংদা পুথরকএ।

পূথরক্লবগা, থাংয়ি খোংজ্রোম্বা কোলোই মমিং তাকদবগী, শমু মখুৎপাক্তা যাইথুংলয়ে হায়দবরা ?

খোইয়ম নাম্বুংবগী মমোমলোই পেম্মু লৈমরেম্মা, য়াইবী কলছৌ নিক, তিল্লাং মখোই শাওনা নোংবান কানাকপা নংদি [১]মম্মুং খোংগা পরৈএ। [২]ইপন নোংখৌ সরারেম্মা যাওইঙেনে হায়না তিল্লাং হায়শিংম্মা যাওইবরু। থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা শমু মখুৎচেংবু লাকনা [৩]ফৈরা তান্দা থোং ; [৪]ওক্লি লুমলাং কোন, খজাই লেংলোইচুপ ; শুমলাং তোনগা নাম্মা পাওমেনখিএ। য়োইবু নোংলৈমাও ঐদি তালোই ইরুম্বী য়াওরৈবা চম্মুবু মৈতেংঙ্ নাওখম্বনা তালোই তুরক খাইনা পুনখিরবগী [৫]ইদোম পাংহাংলে।

ইতোম [৬]কোরৌ থোইনা য়েং বাংবন পাংনা য়েং 'মালেম লৈবু হোৎনা নোংখোইরিয়ে' হায়না বাহমলবদা পেম্মু লৈমরেন্দি থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী চেংলৌ মশক য়েংনা মুংশিখিয়ে পুমুং মরেপ য়েংনা মুংওল্লবগী শেলোয় লৌখোংচি, খোংজি য়াইরোক অচনবদা লমশঙ লৈনা খল মমাঙ লৈনা শানদি য়াংগোইমিম্নয়ে হায়দবরা ?

১। পুকখোইবা—পুক কণ্ডবা।

২। ঐবু পোকপা ( ইপা ) নোংখৌ সরারেম্মা য়ামনা শাওরগনি হায়ম্বনা পেম্মু লৈমরেম্মা মতিন শিৎচিনবা।

৩। মতম্বাক্তা পমম্বনা। ৪। মঙক্তা কোম্নুনা।

৫। ঐ ইথমতা লৈবনি মুপী লৈতবা ( পাগ্রা ) নি ।

৬। মুমিৎ য়েংনম্বনা।

অশাইবুত্তগী নোংথৌ সোরারেন্মা মখোম [1]শানম ঙাইথিংতোনগী-দমকপু রাস্তা থিরকলে 'হে নোংবান কানাবা চুংশাং নংনা কম্পিগীবু ইমোম্বু [2]কোলোয় মপা নত্তনা পাওথেমথিবনো হায়না রাওইরকএ। নোংবান কানাবা চুঙ্গে শাংবনা পাউথুমখিএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেনও নমোমগী শীংলেন মতিক মন্থাকমকনে লৈরাং মপানবনে হায়না পাউথুম্নবু খোইমোম [3]য়াইবী কলহৌ নকনা রাত্তাথিখিয়ে। নোংবান কানাবা নংবু চায়না খোংকেনসে হায়না তেমশীংলকয়ে। নোংবান কানাবানা অচেন খোংলৈ য়াং, মালং চৈরোইননা মথুম ঙাথাঙ ঙাথেন পুংথক লৈশাং হিদেন তোরথোং কমরোং মংশাক চীংদা পামেন উয়ুং উকারক্তা তেমশীংখিএ। চীংঙু নোংথৌ সোরারেনও থাকপা নাহা পানজুম্বা রাংবন নাহা তেলহৈএ হায়রবদি নোংবান ইমৈতোন অসিবু পান্দমজৌও হায়না পাওমেজবদা খোইয়ম য়াইবী কলহৌ নিক্কা চীংঙু রাইরা মতেনজা কোরৌ নোংসিংজ বু ফেনথরকএ। নোংবান কানাকপাদি মোইনা হুংসোল লৈগুম লৈনা লৈরবদা পামেল উকারোংদগী য়াওরৌ ওম্মোকপা চীরেন তোম্পোকপা অঙৌবা পুরৈরোম্বু শালওলখিএ হায়দবরা?

খোইয়ম কোরৌ মতেনজাদি নোংবান কানাকপাদদি রাইরা তেনবাম্বরে। পামেন উকারোংদা লৈরাং অতিংঙাদা তালা উকা-শেংনা হুলবাইখিরে।

---

১। শানম ঙাইথিংতোন=সানথোমমদোন।

২। মতিক মপা নত্তনা। ৩। য়ামনা শাওনা মুংশিংকী মাংথানা চেন্দুনা।

থাংয়ি খোংজোম্বাগা পেন্থু লৈমরেনগা অনিমদি লোকন্থুং অন্থুকপদা কায়েং নোংফাই য়াম্লবগী মমোম খোংজি ন্থুংলাইবম চন্থু কৌবীবু ফুইনরবদা সেলোই মচিংলেন লংমাই য়োইকোলন্থুং অচনবদা কাম্লখিএ। পেন্থু লৈমরেনগা সেলোই মরাং হৌ 'লংমাই' পাকনা তৈনা শুমলেন মাইপাকপা লৈন্থুং খুন্থুং শুক শুকপী পোকশুম লাইতাংববু শুমজি নাতে নেংনা শুমলেন মরাং হৌনা সেলোইচা পাখং লংমাই চন্থুরাবু পুম্না হুপ্না শুক হোংখিএ।

লাংবান উয়ুং সিংজং শুক
শযি কুহি শুক
থাওমন তুনাল শুক
উপল লেংদা শুক
শুক্তোন তোন্দাবা শুক
লৈহৌ য়ুতাদ থাংথা শুক
লংমাই নিংথে চন্থু
শাম্ম কোম্বৌ চাপ্পা
সরা বাইরৌ পাম্বা মাম্না শুক।
মৈতেংগু তাবুংবনা চীংশাং লান্দা নোংদা
লোইবী মাইয়োক য়ানা নোংমন বাগী
চীংশাং নিন্দুম নিন্দম্বা মাম্না শুক
শুকলেন তোন্দাংববু শুক্তোন লাংমৈ থা
শম্রিক খিং খিং থাংনা
শুকলেন মরাং হৌনা

[1]লংমাই লাংশানবা তারামঙাগী
[2]চম্মরা লাংশানবী তারামঙাগনচিংবা
শুক হোংখিএ।
সেলোই পুম্না হুপ্না য়ুশুনএ।
লংমাই পান্না তৈনা য়ুরাওনএ।

অসুম্না শুম হোংখিএ। অহু নোংপীবু থাংগি খোংজ্রোম্বা মশুম খোংও তৌনা কৌএ। থাংগি খোংজ্রোম্বানা পোইরৈ মৈতৈলমদা থিংলৌ নিংনা তেনা ইন্দালক্লে। [3]চেংলৈ অরাংকোন মালেম তম্বাক লৈনামুংদা রাইথুংলরে। মমা চাখা মুংলোন লোন্দাম্বী সনা লিনগোইগী নোংদা লাইরেন পাথংবু শরেন য়েংনা কোম্না ফমকমখিএ। মুতু কোইরেংবনা বাংগোন মুকাপপুং নোংয়াই থোইবা তেলহৈবনা বাংগোন মখোমলম চাখা য়োংখুন ভমসুং খুনজান নিংথৌ লুমজেং তাওববু মুমজিন চগো নারেং থাংনা শংদা মরান লোনয়ুম শানা য়াংগোইরবদা, পেন্থু কোয়ৌ নোংলৈমদি হৈরাং মচা যান তাওজিং মরু পল লাংহৈ কুমশিং তরা শুরবগী লোইদাম থাবুম খুদিংদা মপারীবু নাওনৌগবরা হায়রবগীবু নাওনৌদরবগী পলেম মমা পেন্থু লৈমরেন সনা খোমমদোম্না মথংলেন্দা প্রেম থকমা তানা হিকঙাই মপাও চাওনা [4]খোইজি মুংয়া পাইনা মাল্লে তাওন্না রাহমজখিএ।

---

১। লংমাইজিংদা লৈবা পাথং মখোক কারকপা ১৫।
২। লংমাইজিংদা লৈবী লৈশাবী মখোক কারকপী ১৫।
৩। চেংলৈগী কোমুং। ৪। খোইজি থাগী মিহুল পাইহুনা।

থংলেনও ভাঙ্গোই নকন্থী ঐবু হৈয়াং ইচা য়ান ভাওজিং ইক পল্লববু ইপান্নীবু নাওনৌগখন্না হায়নবু নাওনৌদবে ইমোম কুইগবনা হায়রবস্নং কুইনদবে। মোমন্থু ঐবু থাংখিগুম চিংশাংনা লোইমোমগুম পোংগংন্না নোংমননৌও হায়রবনা? লোইদাম কুমশিং য়ান্না নাওবু-রবগী [১]খ্বাং ছুংজেংলাও [২]অৱাং নোংখি লাইমন হৌনা, বাংলেন পুংমাই নোপকুম্ববু অবা হক্লা শোক্লে তান্না উ তুবগুম থাকতেক্লা লাংলেন কোংয়াং পোক্তেক তেক্লবা তুগুম্ববু ওইগে হায়রবা থাং-লেনও হায়না পাওমেন্নরিঙৈদা [৩]ইমুং শিনয়োম লানা য়োম্না লৈরিবা মপারিনা পাওমেল্লকএ ইপল পলেম পক্তৌও পলেম ইমা নংস্থ [৪]নাতাবিও নপান্নী ঐবু তাইবং নমু পোং ওইবা মীবু নক্তেএ। চিংঙু হৈনা চাওবা খোইয়ম লাই ওইবনে। পলেম ইমা নংবু তান্না উ তুবগুম থাক্তেকনহল্লোই লোইমোমগুম পোংগংনহল্লোই ইনোং নোংশিং গুদরি। ইকুম কুমশিং য়োদরি ইথা থাশিং গুববু ঙাইথল্লিবনে। পলেম নংবু [৫]শোংকিগনো [৬]অবা সোলথৈ নিকএ হায়না সোলমোইবিগুনো [৭]কোন্নৌ অচুথাং বাংবন আশা লাংনা গুমাই মুংলাংপান পনম চংথোকপা খুদিংদা ইমুম শোক্তোং লৈনা

---

১। মতম কুইনা নাও পুবগী খ্বাং য়াংলেন নাবা।

২। থবক গুবা নত্রগা করিগুম্বা অমদগী হকচাং শোক্তুনা নোং মংলকপন্দা হকচাংদা লু, য়াং নাবা।

৩। পলেমগী পিবুক মুংদা লৈরিঙৈ মতমদা অঙাংগী মশাদা য়োম্লিবা নাওয়োম। ৪। তান্নিবু। ৫। কিগন্থু।

৬। থারে হায়না শোনবিগন্থু। ৭। লোইনবী = মতু।

খনবিও হায়না পাওমেনখিএ। মপন পম্মৌ নিংথৌগা পলেম মম্যাগা অনিদি পিবুক মুংগী নাওবানা লাওরকপবু নাত্তারবগী মশাবী থাংগ্নি খোংজ্রোম্বনা মোমনু তালোই মকম্বী কৌরো নোংলৈমবু কৈরা তাম্দা থোং শমলাং তোনগা নান খজাই লেংলোই চুপনা পাওমেন-খিএ। [১]য়োইবুনাই ইশানৌ পেমথাও খোইয়ম লাইনা নোংদম্ববু পুম্না লমজাইফরোইএ হায়না পাওমেনখিএ। মথংলেন থাংগ্নি খোং-জ্রোম্বদি হুয়েং লোইদাম থামা ওল্লবদা পোইরৈ পুম্না হৌ রাওম নমু মীয়াম তিননা অরাং কৌবা ঈ মরুমদা চীংবন পান শাগে হায়বগী মরান থৌচৎখিরে হায়দবরা ?

খোইয়ম নামুংবদি মপম্না কোরৌ হুমিৎ মঙানি গুৎথিরবদা মোমনু তালোই মকম্বী পেমু কোরৌ নোংলৈমদি মকুম কুমশিং গুরবগী চীংঙু পাঙ্গল মপা তাম্ববু তাইবং শালফোংলে পলেম পাইম পিবুকমুংগী নাওবা খোইরী তৎতরিবনা ইমুং শিনয়োম লানা চটৈ ফিওইনরকপসুং নাওবা খোইরী থাওলিসুং চীংঙু মথম্না লেংদা থোংন খোংকাপ নাওরৈ থাংনা পলেম মাইয়োক লেপনদি রাহমখিএ।

হে পলেম ইমা পোকমাবীও হৈরাং ঐবু ইচা য়ানবিবা খোইথ মিহুন পীহনা তাউজীং ইরু পনবিবা খোইজি থাদা আন্না মীতম্বী-পম্মৌ ইপা শাৎমাবদি হায়না পাওহুংলকএ হায়দবরা ? হে লিক্লাইও নমু খোইমোম লাইয়িংথৌবু পলেম মমানা পাওখুমখিএ। পা-করি রানো [২]ননোং নোংশিংগু থাম্বী তৌকোম চংখোম্জরিএ

১। লাইনা তমলক্লিবা পুম্নমক হেন্দোকপা য়ারোই।
২। হুমিৎ মশীং গুদরি।

নাওরা লেপতম কাদরিংঙৈ অচাও লেপফাদরিংঙৈদা নপন ঐনা লীংলেন ইচুথাঙৈ লৈরাং ইরাক চামনা নাউনৌবা পান্নী মুংঙন খোইদবাও পাইমা খোইজংবা নংবু কোলোই শোরিবা য়াথং নত্তববু হায়গুনো নপন ঐগী ফৈরা তাজিনথক্তা ফম ফমলগা থিক্লেন ইথা মুংগী লাংবন চীংশাং খোইয়েল হিগুম্না থুমখোইববু লৈএ। পলেমগা থিক্লেন মাইয়োক্লখিসি খোম্লাং চিনচুপনখি হায়না রাহমজববু মপান্নীনা পাও-খুমলকএ। হে ইপন পলেম ইমাও হায়গুনো। নপান্নী ঐদি থিক্লেন মাইয়োকনফদে। খোম্লাং খোমজুপ্লহৈদে। ইপন পক্সৌ শাংমাবজুম কদাইনো চেংলৌ শকথংদে মরান কদাইরম খোচংখিবনো? ইপনগী মার মখোঙ্গুনবু লীখিগে হায়না পাওহংলবদা পলেম মমানা পাও-খুমখিএ। নপন থায়িং খোংজোম্বদি পোইরৈ পুম্না হুপ রাংঙম পঙ্গা ন্নহনা অরাং লাইনা পাংবরমদা [1]কৌবা ঈ মরুদা চীংবন পন শাখিএ। মাওরা অপিশ্না নংনা নমু মীয়ামলক্তা নপনগী চেংলৌ শক থংলোইএ হায়না [2]পিরেম খকমাতানা [3]খোথাম্ববু পলেম ইমাও নপান্নী ঐবু [4]নোংচুপ ওমথংননা [5]থোংনাং নাতৈম্না পাসা মপুংয়াইদা [6]ইন্দানখিগে কোরৌ মুমিং মঙানিবু থাম্বী তৌকোন চংলমগে। নপান্নী ঐদি পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক অসিদা লৈফয়োইএ। চীংঙু ইভিক নত্তে। ইপন্না চেংলৌ শক থংনবজুম পক্সোগী [7]শংদিং

---

১। কৌব্রুগী অরাংদা লৈবা পন। ২। মপি খম্বা লৈত্তনা। ৩। চংকম্ভু হায়না থিংবা। ৪। নোংচুপকা তাইননা। ৫। ময়াং। ৬। চংখিগে। ৭। শমজিন কাকলৈ মরী।

মনোংদগী [1]লাবা লুকোই শলাই কি নিংথিবদুম পুথিগে। নথারী ঐগী পাইবা উমলোইশুংগী ইমুং শিনয়োম কানা চৎকি ওইনবকপা অসিগা নাওবা খোইরী তত্তবা অসিসুং অনিমক্তু থজগে। হয়েং পোইবৈ লৈবাক ভাক্লৌও। রাইবা শাথেং খিং হয়েল লাম্বেং খিংনমনো চীংঙু ঐগী তাংজ ইথোংশুনবু থোম্ভু মুংপাকথক্তা থমগে হায়না শমু মথোংশুনবু থোম্ভ মুংপাকথক্তা নেংপবু [2]মালেম লৈহোব পাংক্তা নেংপশুম নেংলমএ। পেম্ব লৈমরে'মা মপারী হৈনা চাওবা অসিবু থৌথাম ওন্নবোই হায়না মোমন্থ হেকশোন নিক পিরেন থকনা তানা মথংলেনগী লাবা লুকোই শালাই ফিবু শমু খুংতা পাইনা মপারী পাজনববু শম্নাং ভোনগা নান থজাই লেংলোই চুপ্না মপারীগী শমু মথুংচেংদা কিশিনবিরবদা মপারী চীংঙু হৈনা চাওবদি অরাং লাইনা পাংবরমদা মপনগী মার থোংশুনবু লৌখিএ।

নমু মীয়ামলক্তা নেম নেম চৎনা য়াওবা থোঞ্জেন লাওন দ হে পোইবৈ খুনজা মতাইমশিংও তাইয়ুম নাইক্ত মশিংঙ ইপন য়াংথি খোংজোম্বা কৌববু কদাইনো হায়না পাওহংববু পোইবৈ লৈবাক পুম্নমক্তা পাওথুমনদে। নমু মীয়াম পুম্নমক্তা মাওবা অশিবা অসিবু কনানো খোইয়ুম লাইবা নমু পোংলা হায়বা য়েনরিক্তদা মপন য়াংয়ি খোংজোম্বনা [3]নীংথনখিএ। ঐদি ইপারীসু শাংক্তরিএ তালোই ইরুগীনা হৈরাং মচা য়ানবদি মকুম কুমশিং শুদরিএ হায়ন থমলম্বু ঐনা [4]ইবান থৌচংলকপা কাম্নে নোংকাই য়ামলকপা

---

১। শালাইগী মশক থংনবা নিংথম কিবান। ২। মাংখেংপা লৈথোমদা নেংপশুম। ৩। থনখিএ। ৪। ইথোংগীনমক লাকপদা।

অমিদহুম ইপারীমু [১]নাওনৌরবরা হায়না মপারীমু শমু গুজেং লাক কৈরা তাল্লা থোং খঙ্গাই জেংলোই চুপ চট্টর কিশি প্রোক্কা [২]স্রোই-জারবদা মপারী নাওরা অপিশ্বানা পাওহংখিএ। পক্তৌ ইপা শাংমাবও ইপন নুংশী মালেম লৈতম য়ানা থৌনাবদি কদাইনো হায়না পাওহংবনু পারীও করিগী পাওহংবনো নপন ঐগী লৈতম য়ানা থৌনাবদি অসিনে হায়না শমু খুংপু থিন্না পাওতাক্লবদা মপারী চীংঙু হৈনা চাওবা থোইয়ম চিংজেং নারন পাঙলবনা শমু মখুংতোন নংখিবনা চীংলেন পাংলা মালেম লৈচেং অকনবনু মানবী লৈহোম পাং ; কাওরেন মপশি পাত্তা মালেম লৈকন তৌবহুগুম্বনু শয়েং পানগা জিংনা মালেম লৈকং লৈজাও লেংদা থোংনা চীংঙু থোংচৎ মডারক্কা [৩]চীংলেন পললং লানবনু খুংপী লাইথোই চীংগুম থোন-গংলে হায়দবরা ? পোইরৈপাক পুন্নমকী মালেম লৈরেপ বাংপঙ্গং থৌরৈ তেংবাংখিএ। চেংজা ভামনমবিখিএ। অগুন্না চীংবন [৪]পন-শারবদা চীংঙু পাজন মপা তাম্বনু নমু পোং ওইবা মীয়ায়া থোইমোম লাই ওইবা মীনে হায়না থরায় মিরেন পাইনদি শোংক্লিনরে হায়দবরা ?

চীংঙু হৈনা চাওবনা তুরেল লোকচা মংজা অদা ইরু শান্দেংগে হায়বগী [৫]মোংরা তুয়া ইমা চৎখিরনু চীংরন চারা লাইনা লাইজা

---

১। পোক্লবরা। ২। লুম্না চন্না তৌবদা। ৩। চীংবন পল্হিংবা অহুদা চীং পুন্নমকপী হেমা চাওবা চীংগুম মহৌশা খিংবা পজী হেমা চাওবা খিংলে। ৪। পন থিংলবদা। ৫। তুরেল তুঙ্গুল ইমা।

কৈনা থিংনা কিকৌঙাম্বদ খোইমোম পাইমা মনিংশানা চৈবিথিএ। অঙ্কুং মদোমদে। লৈরাই মুংবী থক্তা পামেন অঙনবা তন্না অরেম্বা মঙন রাইহুম তুবা মরেপ লমশিং তরামাথোই তুবা উবু *[1]পাথং উরাং মৈরেপ তমচোংনা পামেন উতোন লাক্না কোংয়াং রাতোন কোনগুম্না তুরেল কৈনা থিংনা লাইজা পাশান্না ইঙৌ ফাফেম্না ঈক শান্দেংলিঙৈদা পোইরৈ মীয়াম পুন্নমকন্থং পাথং [2]হুমাং লোকঈ ছৌ লাবা [3]শমখোং চারি ঈ লোক্লাও নমথুম ঈ, হুমাং শেঙ্গোই ঈবু ঈহৌরবগী নমু মীয়াম তিম্না ঈক শান্দেংগে হায়বগী মোংবা তুয়া ইম্না কুমলকপবু চীংঙু হৈনা চাওবা মথন্না তন্না অরেম্বা পামেন অচৌববু উকৈ ওইঙাম্ববু মিৎয়েং [4]শানথৈরবগী নমু মীয়ামসু হরাও মথৈ লৈতনা পামেন উকৈ থক্তা ঈক শান্দেংববু খোইয়ম চীংজেং নারন পাঙ্গলবনা য়াবা খোঞ্জেন লাওনা পাওমেন-লকএ। পোইরৈ খুনজা পুন্নমক নমু পোংবা মীয়ামশিংও, পামেন উকৈথক্তগী [5]লৈরাং মুংবী থক্তবু কাখৎলো হায়না পাওমেনববু লাইক ঈরাওখোন নমু মীনিল খোম্না নাতাদরবগী খোইয়ম নাওরা অপিশানা পামেন উকৈথক্তগী লৈরাই মুংবী থক্তা চোংখৎখিরে। পামেন উতোম্না কোরৌ নোংদা লাংলেন কোংয়াং- [6]রাখোইচৈন

১। *উ মতোন তন্না চোংখত্তুনা পাথং উরাংমৈরেপ তমচোংন —মতাং অসি অতেংপ্পা অরিবা কোপি অমদনা পাথং উরাংমৈ-রেপ্তম চোংনা হায়না লৈ। ২। হুমাং তাবা।
৩। শমখোংদা হুমাং থোকপা। ৪। উরবগী।
৫। লৈরাই মথক্তা। ৬। খোই চোম্নবা খোইচৈ।

হায়গুন্না মথম্না হায়গৎখিবদা নমু মীয়ামদি তাংজা লুরেন কায়না নোংমল্লে। অহনোংগীবু পামেন কোলোই মমিংথোংবু মীশিও তৌনা কৌএ হায়দবরা।

মপন থাংয়ি খোংজ্রোম্ববু কোলোই অমেংবনা পাওমেলকএ। হে পক্ষো পোকমাবও, নপান্নী ঐদি মৈতৈ পোইরৈ অসিদা লৈফ-রোইএ। নোংচুপ ঙমথংন্না থোংনাং নাতৈন্না পাসা মপুংয়াইদত্রম যাঙ্গোইক্লগে। ইপন নংদি পলেম ইমা তানাদি মরান খুমথিখিও হায়না পাওমেনঙামএ। মপন থাংয়ি খোংজ্রোম্বনা পান্নী ইবুংঙো নংবু নপনগী থাম্বী তৌকোন চংখোনবরমদা নরান থৌচৎকেদি হায়দনা নোংচুপ ঙমথংন্না পাসা মপুংয়াইদা য়াঙ্গোইক্লগে হায়বদি নমু পোওনা হরাওরোইএ খোইয়ম লাইনা য়ারোইএ হায়না পাও-মনবু মপান্নী চীংঙু হৈনা চাওবনা লমলেন মদাইমা য়াওরোশা শঙাই লাম্বী শাক্লালোৌদা ইপন্না নাওনৌববু কোরৌ মুমিং মঙানি শুদরিএ। থাম্বী তৌকোন চখোনবা মুমিং শিংসুনববু ফায়েক (ফাযেং) নোংফাইনা চীংমুং য়ারেকলমখিগে হায়না কোরৌ মুমিং মঙানিবু ফাইরমএ। হয়েং কৌবা নোঙ্গা শোয়রবদা তাবা চমাংদা শংলৌ য়েনমাংদা বাংলৈ য়ুমাংদনা লোইজিং নাতৈন্না লোইয়া ঙল্লোম্নখিএ হায়দবরা? মপন থাংয়ি খোংজ্রোম্বদি পোইরৈ লৈবাক পুম্নমক্না লোইন্না [1]মরান ওন্দেরক্লে মচেং হুলবাইরক্লে।

নাহানবোং য়োইক্লোন য়াওরৈবা চন্নুবু লাইরেন মৈতেংঙু নাওখম্বনা তুবী [2]ফক্ষোইমিত্তো ফম্মন্না, [3]য়োইবু ফক্লাংমৈ তোংমন্নবীবু

১। মমুমদা হল্লক্লে। ২। ফম্বাল ফমম্না। ৩। ফম্বাল তোংমন্নবা।

থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী হৈরাং মচা মান, তাওজিং মরু পনখিবা, লোইদাম থাবুম অহুম শুখিবনা নাওকং অহনবা কৌনা শাংলে। খোইয়ুম চীংজেং নারন পাজনবগী মশাবী হৈরাং মউশাং তাওজিং মহৈকোম্না য়োইক্লমলোন য়াংবৈমা চহুমা অমরক কোম্না শাংপদি মৈদিংঙু নাওখম্বগী মপারী লাইরেন নাওফোংববু শাংলক্লে। মযোম তক্ষা *য়াওমলোন য়োইক্লমচেংবীবু কোম্না [১]ফুইরবদা লাইরেন মৈদিংঙু নাওখম্বদি তুবী নিংনা তেম্না শজিক মতুং ইন, থাবা মমৈ য়াইনা কোরৌ নোঙ্গাখিরে হায়দবরা?

মৈদিংঙু নাওখম্বনা কোরৌ নোঙ্গাখিরবদা নাওকং অহনবনা য়াহমখিএ। হে ইদাইরেম পোইরৈ খুনফাংথৌ, তাইয়ুম নাইফাং থৌশিংগ লাইরেন ইপা মৈদিংঙুনা কোরৌ নোঙ্গাখিরবনিনা মুমিং ঐনা হান্না উইএ, থাবা ঐনা হান্না খাইএ। ইনাওদি [২]উনৌ কোন্দে কোম্না হুনবনে। [৩]ঐদি শোইরেন লৈথৈ হান্না হুনবনে, [৪]চোইনৌ সনা ফম্বান্নাংদি ঐনা ফমডৈনে হায়না য়াহম্ববু পোইরৈ খুনফাংথৌ তায়ম নাইফংথৌশিংনা তাংজা মরু লুরু। লৈরিডৈদা থাবী থিয়াথৌ অমাই লোক্লৌ শীনবনা পাওয়াদে। মদাইরেন য়াংরৌ শঙাইয়াবনা পাওয়ান্নকএ। য়াম্বা নিংথৌ থাংয়ি নাওকং অহনবও হায়শুনো। হয়েং কোরৌ নোংনা য়েং, মালেম লৈনা

*য়াঙয়োন য়োইক্লমচেংবী—খুমন নিংথৌ মোংবা খোমচাদা ওংহনা মচা নিপা খোনবা নিংথৌবা পোকখি। খোনবা নিংথৌবা অসি খুমন নিংথৌ ওইখি। ১। পোক্লবদা। ২। কোম্না পোকপা। ৩। ঐনা হান্না পোকপনে। ৪। সিংহাসন্দি।

খংলকউৈনে। মমুম চেংলৈ পুংদগী য়াম্মা থাংয়ি চেংলৈ পায়না হৈরাং নংবু নচা য়ান, তাওজিং নংবু নক্ক পনখিবনে। তুবী থমং লৈমচাবু নত্তেএ। লাইরেন নশানৌ নাওফংবদি চীংঙ, বাঙোল লৈমচা, শেনে ঈক্কতোং, পোইরৈ ঙাকপা ঈরাই খনবা মচানে হায়না থোথাম্ববু থাংয়ি নাওফং অহনবনা পাওয়াদে। মপন মৈতৈ লৈমা য়াওরৈবা চম্মুনা, পারী নাওফং অহনবও নপোইরৈ খুঙ্গা পুম্নক্কা বাহম্ববু বারম অওকপা মক্কে বাবৈয়ৈ নবিংঙাবু [1]কেংনগুনো। চোইনৌ সনা ফম্বাল লাংবা অনি ফমফরোইএ [2]কোরী থরাউচি থোঙলেন লাম্পাও বাক্কা কাসা পাওতাকপবু নোংথৌ সোরারেম্মা পাওয়াদে হায়না থোথাম্ববু পাওয়াখিদেএ। নাওফং অহনবদি মদোম য়াইবী কলহৌনিক, তিল্লাং মখোই শাগনা বাওইরবদা, মপন মৈতৈ লৈমনা অমরক পাওমেনহিএ।

পারী কম্নি বানো শানৌ নচিন ননাওবু [3]খোইমোম মিংয়েং ওংজুম্বনা চুমগুনো। পোইরৈ লৌরক শীংকোং-বা, পরিং লাংসং বাবু নত্তে। লম্লেন মদাইমা চেংলৈ অবাং কোনবু নাতৈম্না নমু ঙাংঙোই য়োইমোংবনা শানথুপক্কম্বু ঙমগনা থোইয়ম লাইগী পাং অক্তবদা পারী নবিংঙাবু তুবী এবয়েংম্না লাইরেন এক তৈনক্কও হায়না বাহম খোনগী শানৌ মচিন মনাওদি লাইজা ঈদা কুম্না একয়েংনগে হায়বগী পোইরৈ পুম্না হৌ বাঙম খুঙ্গা তিম্না একয়েংনবগু

১। খংনগম্মু। ২। নিংথৌগী থবক অক্কবা, মচা পোকপনচিংবদা সোরারেম্মা তাকপদা, বা ঙাংবদা পাইনবা কোরীনা শাবা হোয়োনগুম্বা পোৎ অমা। ৩। লাই সাক্কি এংনবা।

মশাবী থাংয়ি নাওফং অহনবদি হায়া লাইজা ঈদা কুয়া লুপখিববু খোইয়ম লাইনা য়াদবগী কেম্বে (কোম্বী) তুগুম্ববু মতু নিক চরাং নমশাং য়ানগুয়া মশক মোংলে। মশানৌ নাওফোংবদি তুবী ময়েক তিয়া লাইরেন ময়েক লারে। মথা লাইথা য়েক, মমৈ লাইমৈ তানা লাইরেন ময়েক থোক্লে। অদুনোংগীবু থাংয়ি নাওফং অহনবদি একশোই পাং মশানৌ নাওফোংবদি একলা পাংও তৌনা কৌএ। শানৌ মচিন মনাওদি মপান মৈতৈলৈমগী সনা মথোংখাদা বাইথুং-লয়ে। মৈদিংগু নাওফোংবনা চোইনৌ সনা ফম্বাল ফমলবদা মশাবী থাংয়ি নাওফং অহনবদি তাংজা ইকাইবা হুয়াই শেনকোই বাগীবু মোংবা থাংডা কারেনমদা বাইচিংশি অচিকপদা, বাইরংকোন অকোনবা মুংনাং কাওথংকোন কাওবী শম্বোংগোন্দা মতোম্বা খোইয়ম লাই ওইথিএ হায়দবরা?

অসাইডেগী থাংয়ি খোংজ্রোবমুং মোমমু তাল্লোই মরুহী অরাং কোয়ৌ নোংলৈমনা মপারী চীংজেং নারন পাঙ্গনবগী মৈনা বাই তাংনা শমনা মপারী থাংয়ি তাওবুং খোংদৌবনা শাংলবদা মপারীনা অচাও লেপফারক, শাংবা লেপ্পুব্রবগা মপন্না তাওবুং খোংদৌবনা তাম্বোং লৈপাক ঙাক, লেমথোং মপু নিংথৌ ওইনা লেপ্পহৌও হায়না শমু খুংশিম্বরম্লগা [1]মপন অনিমদি, লম্লেন সেলোই চীংয়াচাও লংমাই লংবা চীং, কাচীং কাবাক চীং উঙ্গি বাওরী চীং নান্দা খাইবুং চীং লংমাই লংবা চীংবু নাতৈম্না। কৈরাও চীংলাইবক্তা পেনু লৈমরেনগা শমু খুং শমম্না খোইয়ম লাই ওইথিএ হায়দবরা?

১। পলেম পম্বো অনিদি।

মপারী থাংয়ি তাওবুং খোংদোবনা মপন মরানয়াইদা [১]উরেপ ারা ওই, [২]ফম্নেন লুথুপ ওইনা কস্বোং হাগা শোন্না [৩]মৈবী শল্লাই ওইনা, মদোম লেপ্পা লৈবাক ঙাক্লবদা। চীংঙ্, নোংথো সোরারেন, মবাং পাথং য়োইরেনবনা পাওমেনলকএ। হে ইনোংয়াই থাংয়ি তাওবুং খোংদোবও। নরোই শোকঙাইরাববু থৌসিথৎলকও হায়না পাওমেনথরকএ। থাংয়ি তাওবুং খোংদোবনা মরোই শোকঙাইরাববু খাইমোম সনা মখোংখাদা থৌসিখৎখিএ। চীংঙ্ খোইয়ম অক্লবনা াহমখিএ বাহমঙাম্মে। নয়াম্মা থাংয়ি অঠুদি [৪]ইনোংয়াইনে। থৌদু অপাকপা মুংলেন কৈরাক শাবারমদা কারকও হায়নদি ায়রুও। চেংলৌ শক খঙনগে হায়না বাহমলবদা পোম্বী শোক-ঙাইরাবদি থিংলৌ নিংনা তেনা হলবাইরক্লে।

মরোই শোকঙাইরাবনা য়াম্মা নিংথো থাংয়ি লৈমাবও, নমু চবাং পাথং য়োইরেনবনা অবাং কোরৌ নোঙ্গারকও হায়না বাহম-লকএ হায়না বাহম্লবদা ময়াম্মা থাংয়িবদি খোইমোম সনা মখোং াবু [৫]ইঙ্গানখিএ। মমু খোইয়ম লাইয়িংথৌনা খুজেং হংজৈ লাক্লা থৌজান ঙামএ। হে ইনোংয়াইও। নংবু ইমোম শানম ঙাইথিং-তানগী মপারীনে। নংনা নপোইরৈ মালেম লৈপাক ঙাকপবু, পাইরৈ পুংথোং নিঙ্ঙনবা বাংঙম তেংনৌ চিদাই নাইদনববু কজেং াংশাং করম্বনা পোইরৈ লৈপাক ঙাক্লবনো হায়না পাও হংববু।

---

১। মহুৎ শিন্দুনা। ২। পিবা ক্ষম ওইনা। ৩। শল্লাইগী —শাগৈগী মকোকথোংবা ওইনা। ৪। ইশুনে।
৫। চৎখিএ।

মনোংয়াই থাংয়িবনা পাওথুমথিএ। [১]ইয়ুল্লা অৱাং পাথং অতেংবও (য়োইরেনবও) লোইদাম কুমওইয়া পোইরৈ লৈপাক ভাক্রবদি লাংহৈ কুমশিং খুদিংদা। থাবা উনশিংয়া লাইজা পাশানা অয়াং লেমথোং থাংববু নাইহল্লে। তাশ্মোং ময়ুং তেন্না কুম ওইনৈএ। লেমথোং মকৈ চেন্না কুম শাইএ। য়েনপাই থুংয়োম্না সনা চৈগা তমনৈএ। তম্ফা য়াংলৌ হনবী তাশ্মোং লৈমাবী (লম্মাবী) চিনফু লংমাই হনবীগা শুমাই হাতিংথৌ তোম্লোংবগা, কোলোই তোং-কোনবা শানা, থিংবা লাইকাং চোমসুং থৌম্ব মুংনম মুংগা য়োই-থোনজৈএ। চরৈ ইখুংশা নিংথিবনা মোংবা শমজি লোইয়াফমদা। য়োইবু মালং ফেনজি ওই। খমগোন নোংলৈ ওইনা তালোই তুরাংপানবু তুশাএ। থংলেন ৱারাংচা পানবু ৱাশাএ। হয়েং তাশ্মোং মতোল লোম, লেমথোং লশৈ খক্রবদি মীউরক ওইনা চেগাই কান্না হন্না থাইনৈএ। থাংয়ি ইরানয়াইদা থাবা লৈরেনথৈ অমাই লোক্লৌশিন, অশৈ খোংফাং লেংনা তিন্না ফুঙ্গা তেকপী লাইরু লেন্দা হৈশোই লাকমাংদা ভাইরোং শিংপাক থাই, নোইন্নু থুমকুপ-সি। থেরে লাকান তৈ। য়ুপান থোংমাংদা মালেম লৈতাই য়ান্না কোয়ৌ নোং লাংনএ। [২]লৈকু য়ুমশিন্না লৈরাই য়ুমথাং পোইরৈ [৩]হিণ্ডম হিগা চাকপু তুরেল লাতাওএ। থাংলেন ইখুংগুদি পোনবী

১। ইপুবোক = ইবুধৌ। ২। লাই ঈ কৌরমদাইদা লৈন্নাইদা কবোক হৈবোক লফুং অমসুং উতোং য়ুংহুনা য়ামনচিংবা হৈবা।

৩। ঈশিংদা থয়োম লাকপা। থয়োম লাকপা অসিদি মথল খরা থাইদোকই।

শোকন্ডাইবাবনা মকোক শিংচুম লুরোই থেংনা শিনাইমাইগা (অমাই মাইগা) শক্লেএ। উথুম্না পুংদোইনা, [১]কাত্রক্লা উরাণ্ডনএ। উরোক লম্ব্রানা চরৈ ক্রিবাইনএ। মালৌ ফিজুং থাওম্না চম্লৌ লাথাং শিংথাং লোইবু ওইনৈএ। নোংদা চীংখনয়াংনা য়াওশাবী তোম্বা য়াম্মা খুনাবী য়াংলিশাব মীরোই অতোনবব ওইনৈএ। বাবা চেংঙাচাবু বাংলৈ য়ুশিন্নৈএ। য়াওরৌ শা তোকপা তোকমু মৈশাংবা থোংলেন লমকাম শানদি য়ামা ওইনা পাক্লমএ হায়না মনোংয়াই থাংয়িবনা নাহন মাংগী বারী অয়াম্ববু মানবী খুদপ্পা, মুমকু লৈতোন কোম্না মালেম লৈদা পক্লা পুনেম খাজংনা বাহমজরবদা মম্মু থোইয়ম লাইয়িং থৌনা শল্লাং তোনগা নান, খজাই লেংলোই চুপ্পা বাহমখিএ।

ইনোংয়াইও নংবু পোইরৈ তাম্ফোং মম্মুং কুইনবা লেমথোং মকৈ পাক্লবা। কোরৌ নোংমদোনগী চীংঙু ইকুমশা পুন্নুং হিয়াঙ্গৈ কুমশাববু লৈএ। থেংথাং চারি মীংখম্বু পুন্নুং ফিরেন মঙান নাই। য়াংলা শিংওম্বোক, থৌবোম খোক্লোই চিন, তেংলৈ ওনগং মাই-রোইম্না শরীক নিংথাংনা লিক্লাই (লিকথা) মোইকাই তোপ হিয়াং কদংরৈনা কুমশাবা। বাকয়ৈ লুনাইদবা তোংজেং লুনাই-দবনা, হিরেন কৈশা তানবা অসিবু মিংয়েং শানখৈখিও। হায়না থোংনাং কাপ্পা সাংখম্লৌ হিয়াংকোক, তোংজেং হিমাংনৌ, বাকয়ৈ হিগা তাও, তোংজেং হি লৈতেং হাংএ। উমু লাই য়াইগা তোপ, মোইকাই থম্বালশানা হেনমোইবা। হিরেন কৈশা পোং পুমনমা অসিবু পোইরৈ লৈপাক ওক্লবা পুন্নুং হিয়াঙ্গৈ কুমশানক্লও হায়না

১। উচেক মথল অমা।

ললকুণ্ডামএ। থাংলেন ইথুংগু য়াইওইবা অসিবু কজেং পুন্না পীক-রোইএ। পোইরৈ নপল লমদা চেংলৌ মিংকুপ মরুমদদি রাইনরুও। থাংলেন মশক তম, কজেং মঙং লাক্পা [১]তাওথংলবগা ( শারবগা ) থিংলৌ নিংনা তেনা থাংলেন মথন্না [২]হুলরাইরকসুনো। অসুম রাহুন্নবদা মনোংয়াই থাংয়ি চেংলৈপাম্বদি কদং চাওবী ইনৌকোম্নমদা পোইরৈ অমরক ওন্দেরক্লে। কজেং য়াইওববু [৩]শমু খুত্তা শুনা হুলরাইরক্লে।

নাহুল নোং খুমুং লাংবা চকৌঙগী মোরিয়া ফম্বাল চানা ইঙা কুমগা তম, ইংঙেল কুমগা থাইনা পান্নমঙৈদা লৈমুং কজেং থাংশাবনা মিংয়েং নানিং লোংবা ( অনি লোংবা ) নংবু লাও। [৪]ইয়ু অরাংবগী থাংশাং য়াই ওইবা অসিবু, কজেং মশক তমনদি তাওথংও। ইদাই-রেম রাইরি [৫]তেংনাও য়োং শুবস্থ নংদি কোন্দ খুংচুম মাইসিন। মমাইপা শকপা নংদি মালেম লৈনিং কোন্দগী তেংনাও য়োং পেক্লকও হায়রবগা। লমলেন ফেলৈ চীং, চীংঙ্ অরাং কোন্দা। [৬]মৈবী তোংহুম চন, য়াইওইবা কজেং থাংশাবনা [৭]চেকপ লৈখে লাক। মুংবী থাগা থা। মুংথং থক্তা থোং, কজেং নিংথাং য়েনা, থাংলেন মশক মান্না [৮]শারৌএ হায়বগীবু থাংয়ি চেংলৈ পাম্বও তৌনা কৌএ। কজেং য়াইওইবদি, থাংলেন মথন্না কোরৌ নোঙ্গাখিএ। খোইমোম সনা মথোং থাদা রাইথুংলুরে। কজেং য়াইওইববু খোইমোম

---

১। শারগা। ২। হুল্লকসন্নু। ৩। হুল্লক্লে—লাক্লে।
৪। ইবুধৌ সোরারেনগী। ৫। তেংনৌ। ৬। মৈহুম উতোং শেমহনা। ৭। চেকপনা চপ্পা। ৮। শাহৌএ।

মরনকুনা থোইবগী পোইবৈ লৈপাক [1]ভাক্লরোএ হায়দবরা ?

থাংয়ি চেংলৈ পাম্বদি ভালোই তুম্ফুংশি অপাম্বীবু লৈতবগী। মুংবান পাইরো ভাই লুবাং শেরৈভাই পামং হোংনেস্কীনা পোকপী মুচিং থাংভবনা য়েনবী ভারা থাংথোংম্না, শারেং মৈহুম্নবা চম্নু ইরেম তোইবী লৈমা লুবাং খুবা চম্নুবু মপন মরান য়াইদগী [2]মুমজিন কাকফৈ থা শুমাই উরোং থিন। মম্না মশিং শু. হৈনা মরিন তত্তনা, শয়োল মপাল কুদবনা হোইথিরবদা। মপন মচীংশাং মহু মরানয়াইদগী থাংয়ি মপন লমদা মদোম য়াঙ্গোইমিম্নরে। চাপোক কদংশিন, নাওদা থোংকাং লেংনা পানমিম্নরবদা মপারী চেংলৈয়োই পাথং, পাথং অহনববু শাংনরে মুনাওরোই য়াইমবম্নুং য়াইদা [3]ফুইরবদা। মুংবান লুবাং খুবা চম্নুদি, মপাম লুবাং লাইবু লাই-থুংলক্লে। থোইম্না লাইয়েক লাই মোমম্নু খুজিন চুচিন লাইবু লাইথুংলে। চরৈ ফিবাং তুরোল লাইবু লাইকারবগী মথংলেন থাংয়িবনা তারা চাকনমথিঙুম থানাক নীক বাংলৈ মু কোনভৌ থোংগুম্না তিনজুম নিক্লে। চরৈ য়াকু তৈনা লুম্নাং থেঙ্গোই নিম্না শংলেন মতিক নত্তবদা লাংবন লৌথোং থৈগুম থৈদোক্লে। লোইদাম থাশিং য়াম লাংহৈ কুমশিং ওল্লবম্নুং চীংঙ, [4]লাইরি থিবিদনা হুলাক্লে। ইরেম তোইবী লৈমা লুবাং খুবা চম্নুদি মদোম কোরো

---

১। ভাক্লহৌএ। ২। মো হায়ঙ্ক চংজত্নুনা হৌনবী হৈজপোং-নচিংবা পুরবদা। ৩। মচা মথং মথং পোক্লুনা পান-মিম্নরবদা। পোক্লবদা। ৪। তীনথোং লাইথোং থিবিদনা হুম্না য়েংবিদনা থমলে।

থোইনা য়েং, রাংবন পাংনা য়েংনা নোংথোইরে মপারী পাথং অহনবা মুনাওরোই য়াইমাবা অনিমস্তুং ¹তারা চাহম্বীদা ভারা ভাতোং শেৎপিদনা পলেম পীথাদনা হল্লালে।

মপন পলেম মমাদি কাংবী মৈথানা হয়িং পেংলোই ইন লাইজা ঈরান তাওম্না মদোম নোংথোইরবগী পিরেম থকমা তানা, মোমনু তাংজ মরু লুক, পাইমা মুংয়েংচুংনা রাহমজরকএ। হে ইশাবী, থংলেনও করি থোইজেম্রো কলকএ। মোমনু ঐবু চীংঙু লাইবক থিবী, রাংবন কাসা চাওবীবু করম ওইরবনো। থোইমোম কোরৌ ইনোংথৌনা ইপান লুরাং লাইবু করন লাইথুংহল্লবনো। থংলেন থাংয়িবও নাহন তাম্লোই অপাম্বী, লুম্লেন অথোইবীবু ওইনদি পানম্নৈনে। পারী অনি শাৎনরবদা ²য়াংলৌ থাপ থালবমদা অমল শিহনবগুম হন্দোক্লে পারী অনিমস্তুং মপল পম্ফোগী হৈনা মতুং ইন, সনা মমৈ রাইনা হুলাল্লে। পারী অনিমও নথোইবু পলেম নমা ঐনা লোইদাম থাবুম তারা গুনা, হুমিৎ শিংবুম শীংগুনা খ্যাং মুংজেং লাও; মোমনু চেংলৌ শকপাম্লোংবু কুমজেং কোরী কানা, ভক্রী লুশম থৌরী শিংলী পাফন হৌনা নাওপুবদি, শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে। মুজা ঐবু কল্লকএ। নপল ঐবু থৌজান মায়োক্লনা লাঙ্গোনবিঙৈনে। ঐদি ইপারীমু শাৎতগুমলে, ইথংলেনস্তুং লৈতগুমলে। মোমনু চীংঙু লাইবক থিবী ঐবু ইপন মুংবান লুরাং থুবগী ময়ুমনাকপু ইম্মানথিরগে হায়না

---

১। মমা নত্তবগুম্না চাবা থকপা কাওবা য়েংবিদনা থম্বা।

২। লম্বীদা=মোংফমদা অশিবা হন্দোকপগুম হন্দোকপা।

পাওমেনজববু মথংলেন থাংয়িবস্থং মপারী অনিমস্থং নাম্না শেন্দাম্না মিংথৈ হায়না য়েংদনা হুলাল্লে হায়দবরা ?

মপন মুংবান লুবাং খুবনা নাতারবগী মুংওন খোইবু হোং [1]তক্নৌ সিদং সোম্না মমোমগীদমকপু মুংবান পুম্না হৌ লুবাং মলিন নাইনা থাংয়িবগী মরানয়াইদবু ইন্দানল্লে। লুবাং শল্লাই হুনবনা [2]হাওসি ভমগা চিংনা বাইমখিএ। মাক্লৌরেম থাংয়ি নিংথৌবা নংদি মুংবান ঐখোইবু মীরাইএ লুবাং ঐখোইবু মীথাদে হায়না মমোমবু থৈরা তান্দা থোং, শম্লাং তোনগা নানভাম্নবগা চরৈ নহোং শা, [3]মাল্লৌ থুপকিম্না পাইখুৎ লেংহাম্না খাংপা বাইনম শেৎনা পাও-কৌথিএ। মপন মরান য়াইদা বাইথুংলুরে। মপন পন্থৌ নিংথৌগা পলেম মমা পোকমাবীগনস্থং শম্লাং তোনগা নান খঞ্জাই লেংলোই চুপ্না লমওকঞ্জামএ।

হে ইমোম নংবু লাউও। নমু খোইয়ম লাইয়িংথৌ কৌব্রু অশুপ্পা লীক্লাই উচাও পোকপনা লনকুশুনো (নপাম শেলোই লুবাং ঈ কম্বো নাবাং ঈ। থৌখুরা খুদম ঈ, থৌহনবা থাইদম ঈ, তাক্সা কোরৌ মচি ঈ, শোইশেনবাই, বাংবন মনাও ভাইরোং ঈ) মমোম লাইরেন লাইপাও তবী লাইকাদি লাইশম তাওবী থীকলেন খোমপুক হান্বীগী মপারী লৈস্থং থংগরি ঈবানবা লম্বোং ভাখিবা, ইনফুই তোনগা লং, ইল্লেন থাকুপ হৌনা লেম্লৈ ভাহা তানববু

১। তকসি শোন্দুনা। ২। মীয়ামগী মকোকথোংবা ওইত্নুনা বা হংখিএ। ৩। নহোংগী ফি লেংবান্দা অমস্থং ওইগী শেগ্রোক্তা পুরগা খবাক্তা পুনবা।

লাক্করে হায়না পীরেম থাককম্না মুংশিবা মহিংথেম্রে। হিদেন চেং-লৈমদি মুংবান মকুবী শোইশেনরাই, অরাং চীংশামদি মুংবান সেরো রাংবা চম্নু য়োইকুম তাইমু লৌথিবীনা থাম্বী মৈচেননোং, কাইরং হিওন নোংদা মমুম হিদাও নোংদা য়াংলৈ তাওবা মহুইচানা কাইরং নোংফুবু শোকচিল্লবগী য়োইকুম চম্নু লৌথিবীনা য়াংলৈ তাওবা মহু-ইচাবু থাম্বী মৈবুন হুমদি রাওইখোনগী য়াংলৈ মনম শিংনা পাল্লবগী য়াংলৈ মনম শারবগী থোইমা নারোন মুংদা হাওনা তোনকংবদা চোংশিল্লবগী থাম্বী মৈপোক থোক মৈবী তাঙ্গোই পাইনা মৈথু নোং-লোন কানা শাইবু মৈতান পক্লবদা য়োইকুম তাইমু লৌথিবীবু মুংবান মলিন নাইরনা য়ুমলক (তোইয়ম) নাই শা-ও, তেকপী ওক শা-ও হায়না কাইরৈ য়েনফাংয়ৈ তেকপী ওকয়াম হাং তায়ম নাই-ফাগে তৌগুম্রে হায়দবরা? য়োইকুম তাইমু লৌথিবীদি থরায় মিরেন পাইনা য়ুমলক লাই শাগে, কাওরেন যণ শাগে, তেকপী ওক শাগে হায়না পাওথুমলিভৈদা চীংঙ্ নোংথৌ সোয়ারেম্না কোরো নোংলাংপাঙ্গগী লাওথরকএ।

হে মুংবান তাঙ্গবশিংও লাইজ ঈরিক্লাই অচৌবনা পঙ্খেংবসুং থাম্বী মৈনোং-খোংনা পঙ্খেংথরবসুং থাম্বী মৈরা শাম্নাহৈদে, কাওরেল যণ শাহৈদে। হয়েং মাংগী ভুংগী লমচৎ অয়াম্বা শানথংহৌনসুনো হায়না লাওথরকএ। অদু নোংগীবু থাম্বী মৈরা শানদে হায়দবরা? ফুমং লম নামুংবু নাতৈম্না চেংলৈ লুরাং ঈদা শাঙ্গেংও। নোংয়াই শময়োক ফাবা চীংদা য়োংদাহৈ পামেন উয়ুম লৈ নারেংববু থৌহ মুংবু ওইনা নম্নাও ইমোমও হায়না পাওতাক্লবদা মমোম তোইবী

লৈমনা কোংয়াং চৈত্ত পাল্লোইনা মপাম শেল্লোই লুবাং ঈদা শাম্বেং-লবগী ময়ু খোইমোম কৌক্রনা লনকুণ্ডামএ। মপাম লুবাং লাই খোইয়ম লাইয়েক লাইপৌশা মোমম্ব খুজিন শোজিন লাই। চরৈম্বু বাংহু পোলবোল লাইবু লাইকোক্লে। নাহন নাবাউগী মতৌপুম্না নৌহৌরবগী মোমন্ধু চেংলৌ শক্লা হেল্লে হায়দবরা ?

হয়েং লাংহৈ কুম্মা ওল্লবদা থাংয়ি তাওবুং খোংদৌবনা ময়ুম থাংয়ি পুম্না হৌ চেংলৈপাক্লা তৈনা (তাইনা) লাবংন ঈশা তানগে হায়বগী মরোই শোকঙাইরাববু ঙাইরোইম্না কৌবা মদাইমা, লুবাং মখলমা খোইদোং যণ শেনবনা যণশেন লোক, পুলৈ নাফা লোক, লোক্লৈ তাপোপ লোক্তা বাকয়ৈ খোংওইম্না, খুমু পাল্লোইম্না চেংলৈ লুবাং ঈদা লাংবন ইশা তানববু য়াওরো শাশিং চামা শুনা ফা, ওক্লেন লাবা থারোনবসুং পানবা অথৌবা কৈরেন য়েক্লাবনচিংনা শজি শঙাই তোকপা কাম্বা, শয়ু লৈরাং মুংওক পাইবং খুবিং খুবাই, য়োংমু য়োংশেন, শাফু লাংহৈ খৈরোই উপেং তিংসিং নাওশং য়াওনা শায়াম ফাবরদা শারেন ফাহাপ্পা মরাল ওম্বেরক মচীং হলবাইরক্লবদা থাংয়ি তাওবুং খোংদৌবনা তায়মশিঙ অবা পোথাখিসি য়াংলৌ লমদনখিসে। নাহনলোংগী ইশানৌ ইনেমমচা, ইরেম তোইবী লৈম লুবাং খুবা চমুগী পক্কৌ মপা অপোকপা ইমান লুবাং নিংথৌ শলাইহুনবগী লাইজা মহিথেম্মা বাকয়ৈ হি থাংখিসে, হায়না অবা পোথ্বারিঙৈদা থাংয়ি চেংলৈ পাম্বনা বাইমখিএ। ইরোই পোনবী শোকঙাইরাবও নংবু লাও নয়াম্মা লৈমা ইরেম তোইবী লৈমবু মপাম লুবাং লাইবু মোমম্ব খুজিন চুসিন লাইবু লাইকাববু

ইমান মরান য়াইদতুম থাম্বী মৈ লৌবা শানদি মিৎয়েং শানথৈরক্ও চেংলৌ শক উরক্ও হায়না থৌশীখিএ।

মরোই শোকঙাইরাবনা অচেন থোংলৈ হৌনা লোক্লাং খুদোন তুম্না মিৎয়েং শানথৈরকখবু ঈরেম তোইবী লৈম লুবাং খুবা চম্নুদি মপনগী শঙদিং ফিশা শঙ, শঙলেন অতেংবদা চরৈ ফিবু শারমএ। পোনবী শোকঙাইরাবনা মরৌ লৌনা হৈনা তাংজ মরৈতোম্বা লাংবন থোইহি তৈগুম্না পাওহংখিএ। হে মোমন্নু শকোই থোংবু হেনবীও,

লৈমুং পিশমমুনা শম্লৌ মৈ
য়াইথোং পাখংবনা রাইরৌ মৈ
কাপুং লমওন মৈ
লাইপুং লমথাং মৈ
পুচেং কোকপা মৈ
নাংচেং থোম্না মৈ
শীংকন নোংকাই মৈ
শম্নু তেকচাক মৈ
লম্লেন মমথামচাক মৈ

থাংজি উপী তারা মৈ-বু লৈবম্না হায়না পাওহংলুবদা ময়াম্মা লৈমনা তাংজ মক লুক্না পিরেম থকম্না তা, মালেম থোংবী লৈথৈ য়েংনা রাখলখিএ। নাহনোংগী ইরোই শোকঙাইরাবনে। মরান কদাইরম থৌচৎলুবনো থাম্বী মৈনিরবা অসিবু? ময়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবনা মোমন্নু ঐগী ইশক ইতৌ য়েংলুও হায়না থৌসিরকপা নরিঙৈনে হায়না নিংথম্না মুংবান লুবাং খুবা চম্নুনা পাওখুমখিএ।

াম্বী মৈনিরিবা নংবু কনানো? চেংলৌ নশক খংদে হায়না পাঙ-
ম্লবদা পোনবী শোকঙাইরাবনা থিংলৌ নিংনা তেররে, ময়াম্মা
নংথৌ থাংয়িবদা বাহমখিএ। য়াম্মা তাম্বোং লৈমাবা, লেমথোং
পু নিংথৌও। নরোই ঐনা মিংয়েং শানথৈরুবদি য়াম্মা লৈমা
বোং খুবা চয়ুদি, নমানগী শংদিং কিশা শংদা চরৈ কিবু শাঙামএ।
পাম লুবাং লাইবু লাইকোরে। নাহন [1]নাওবা অথুঙৈগী মুরা
হৌ তোংশুম্না নৌহৌরে। শেলোই চীংশামা লংমাই লংবা চীংদা
পানবা (শাৎপা) লৈ, কাইনৌ শমজি লৈ, শমজি তোমথেৎ লৈগুম্না
নিংথিঙামএ হায়না বাহম্লবদা ময়াম্মা থাংয়ি নিংথৌবনা, হে ইদাইরেম
তাম্বোং মনিল নাইবশিংগু শীংলেন অমরক তেশিম্না, লৈয়াং অমরক
হনজিম্লগে। নাহন নোংগী তালোই ঐগী অপাম্বী, লুম্লেন ঐগী
খোইজংবীনে তাংজ ইকাইকরোইএ। ইপারী পাথং অহনবা নংন-
চিংনা মুংবান মকুবী চীংদগী তাওজিং হৈঙাং হেক্রুও হায়না থৌসি-
খিএ। পোনবী শোকঙাইরাবা নংদি মরান অমরক ওন্দেকও নচেং
অমরক হনবাইরুও। নয়াম্মা লৈমবু [2]শমু খুংগুমথিনা পাওথেমলুও
হায়না থৌসিখিরবদা পোনবী শোকঙাইরাবনা, হে মোমম্মু চেংলৌ
শক্কোই হেনবীগু অসাইঙৈদি য়াম্মা লৈমবু নত্তুবরা থানিকএ। য়াম্মা
নিংথৌ থাংয়িবদি মমুম তাম্বোং পুম্না হৌ, লেমথোং পাক্না তাইনা
বাকয়ৈ খোংওইম্না [3]খুমু পলোইম্না নপাম মুংবান নরমথৈ অসিদা

১। নহা ওইরিঙৈগী মতমদা তরু তহেম্না ফজবা মতৌগুম্না।
২। খুংনা শিং নান্দুনা নমগন্দা পোপ পোপ ফুহনা য়াম্নবা থেম্রুও।
৩। নৌ পাইহনা।

য়াওরৌ শা তানবদা পানবা অথেংবা কৈরেন য়েক্লাবন [১]ওম্বল্লবগী ইঙাং পাক্কেনা ইমু ফাক্‌ফেয়রে। পাইমা নিংশা থমনিং খোকমৈ নেমগে তৌগুয়ে। চেংলৌ মিংকুপ. নরমদবু, লৈরাই নকুমলম, হিদেন নন্তারমদা তারকও হায়ঙাম্লকএ। নাহনবোংগী তালোই অপাম্বী মুয়েন হুনজবিনে। মোমম্ তালোই ইরুম্বীবু চেংলৌ শকতনরমগে। কম্বোং ইপুংয়াই ইরান মোংবা মুমদাংশং য়ে।ঙমদনা য়াংলৌ লম্মথাংদা [২]নোংমনগবরা থংঙমদে হায়ঙাম্লকএ।

অশুল্লা পাওমেল্লবদা ঈরেম তোইবী লৈমসুং মথংলেন থাংয়িববু পানবা অথৌবা কৈরেন য়েক্লাবনা [৩]চিনগোই চন্দুনা অমন থরৈ কুমগবরা হায়না খাজিক্লবগী মোমম্ থরায় মিয়েন পাইনা পিরেম হেকমাই মপাও চাওনা খোইজিম্লুংয়া পায়না মুংওল মিকপথিএ। হে ইরোই শোকঙাইরাবও নয়াম্মা লৈমা ঐদি [৪]শুমাই মুংলামো।ইএ [৫]কংলৈ য়াথোকফরোইএ। ইপন থরাই লাইপল থোংবা হেম্না চংথোকফদে। ইপন মুংবান লুবাং খুবনা [৬]চিক্লেং থংথি থোক্লা ক্লাথং অয়াকপবু মাংওইনঙেনে ইপাম মুংবান মনিল নাইবনা [৭]ঙাই-নোক্লঙেনে। নয়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবা কোয়ৌ নোংবু-কা চীংঙ পন্দানবনা হাল্লগনে। নয়াম্মা ঐবু ইপাম মনিল নাইবশিংগী মাংদা ইকাই শঙ্গোই হাংনগুনো হায়না পাওমেল্লবদা, পোনবী

১। শানা (কৈনা) শোক্লহনা। ২। শিরগত্রা। ৩। থয়াত্তা তাহনা=শোক্লহনা। ৪। শুমাং বাংমা লাম্না চংলোই।
৫। মপান থোক্লা চংপা য়ারোই। ৬। চিন্দা য়াম্না থিনা।
৭। নোক্লগনি।

শোকঙাইরাবা লৌশিংবনা হায়গুনো য়াম্মা লৈমও, য়োইম্‌য়াই লাইরেন ভাওদনবনা মভাং তেন ; [১]অঙানবনা খোংমৈ নেমখিবনা হল্লগনে হায়না পাওখেম্নবু হোইয়ারবগী মপন খংইন্দ মতু উইন্দনা পনম চংথোকলকএ হায়দবরা ?

মথংলেন থাংয়িবদি মরৌ লৌনা হৈনা খোইবুং তুগুম্বদা লৌশা- ঙামএ। রাকয়ৈ মখুনেংম্ব থাংয়িবা শমু মহকশাংম্ব ইঙাং ফাঘেম্ববা শানা তাওজিং হৈঙাং পুম্না তৈনা। রাকয়ৈ হিকুমুংদা চরৈ ফি কোই থান্না [২]ঙাইখমঙাম্মে। মরোই পোনবী শোকঙাইরাবনা। রাকয়ৈ হিবান পায়না কোলোই অমেংবনা রাহমথিএ। য়াম্মা নিংথৌ থাংয়িবও। য়াম্মা লৈমা মুংবান লুরাং খুবা চমুবু লাক্লে হায়না পাওমেনববু থাংয়িবনা নাতারবগী রাকয়ৈ হিকু মুংদগী য়াবা খোঞ্জেন মিনা। [৩]কাংম্ব তাওবা থৌসিতোন, [৪]থিংবাফাবী য়াহৌ কাং, [৫]নোংয়াই কাংকোন ( কাংখোন ) তনৌবা [৬]কাংবী লোঞ্জা থাংনৌবা কাংবী মশা তাবনা পাইবা ঙমদবা খোঞ্জেনগুম্না। হয়িং পেংলোই খোনগুম নেমনা পাওমেল্লকএ। মোমম্ব তাল্লোই ইরুম্বী, লুম্লেন ঐগী অপাম্বী মুংবু লাও। নাহন নোংদা নথংলেন ঐনা য়াওরৌ শাপুক চং ; লেরৈ ঙাপুক চংলুবগী তৌবনে, রাওইগুনো। তাল্লোই নংবু শেংনঙম্লোইএ, লুম্লেন নংবু খাইনঙম্লোইএ। খোইয়ুম

১। মুমিং তাখিবনা হাল্লগনি। ২। ঙাইরমএ। ৩। থৌদা- রকপা কাং। ৪। কাং চিকপনা মরম ঙইহনা য়াহৌ ঙনবা। ৫। আহিংদা থৌংবা কাংগী মখোন অমেংবা। ৬। লোম্না চিকপা মখাং পিকপা কাং।

কোরৌ রায়েনবা, চীংঙ্ নোংদম্বনা তৌবানরিঙেনে। য়োইবুনাই নংবু থাংয়ি ইয়ান য়াই, চেংলৈ ইশাই কোন্দুন ইন্দানসে। ইয়ান মুংবান লুরাং খুবনা য়াইবী কলহৌ নিংঙা রাওইরবসুং কদৌরোইএ হায়না খুক্তেং হংজি লাক্লা [1]রাকয়ৈ হিকুমুংদা হাপ্লা, মমুন থাংয়ি পূম্না হৌ। শমু থোংবু থিম্না [2]খুমু নৌরোং থাংতপ পাইনা [3]লাইজ থাথিন পেকন, ইমু মাইয়োকম্না [4]ইঙৌ নমদা হুম্না রাকয়ৈ মরাং হৌ। তোংজেংমথি নাইনা থাংয়ি মপুং য়াইবু ইন্দানখিএ হায়দবরা?

ঈরেম তোইবী লৈম লুরাং খুবা চমু'দি ত'ংজ মরু লুক মালেম খোংবী লৈখা য়েংনা মরোই পোনবী শোকঙাইরাববু রাওইখিএ। হে পোনবী শোকঙাইরাবও নংদি তাংজগুম লৈনি লোংবা, খমমুং শিদ মুপীগুম হৈরাং খুত্তা শুনা অমল থমলৈ পাওথেম্বী শানা লৈরাং মতং মানগুম্বা লংনা অসাঙৈদি নয়াম্মা থাংয়িববু পানবনা চীনপোই চন, কৈরেম্না য়াথোং লোম্লে হায়বা নত্তবরা হায়না রাহম্লি-ঙৈদা মপন মুংবান লুরাং খুবনা নাতারবগী লাবা কচক হৌনদি তিল্লাং মথোই শাওনা শুমাই মথৌবোম, থৌবোম তাওবারোইদা য়াবা খোজেন লাওনা পাওমেল্লকএ। ইয়ুম মুংবান মনিল নাইবশিং লুরাং তান্দবশিংও নথোইবু লাকও ইমোম তোইবী লৈম লুরাং খুবা চমুবু থাংয়ি তাওবুং খোংদৌবনা মুংবান ইয়মথৈ লুরাং ইশাই-কোন্দা রাকয়ৈ খোংওইনা তোংজেং পালোইম্না য়াওরৌ শা তাল্লবদা ইমোম তোইবী লৈমবু পাওথেমথিরে কল্লকএ। মুংবান ইপাচা

১। হিমুংদা। ২। নৌ খুংপাইফমদা পাইহনা। ৩। নৌনা ঈশিংদা কম্না ওত্তুনা। ৪। নৌনা ঈশিংবু তুংলোমদা ইন্দুনা।

ইখোইবু মিরাইএ লুবাং ইখোইবু তাংশক্তে হায়না বাকয়ৈ খোংওইমা তোংজেং মথি লাইনা খুংবান লাওতুম লাও, লুবাং মনি লাইতুম লাইনা তাল্লকপবু মযুম লুবাং মতাইমা খুংবান চৌবু শোইশেনবাই খোইমোম লাই হিংচাবা হাৎনা শোই। কাংবী লেংলোই নাইবু চীংগু নোংখৌ লোয়ারেন্দা ইমু থয়োম শানা নিনা শোই। তনবা মুক্তম থেন বাংদৈ হমেং চীংদা মরাং চীংদা কানা মিংয়েং শান-থৈরুববু কথোং মযুম নাকপু নাতৈথিরবগী তক্রৌশিংদং শোয়া লাবা কচক হৌনা হলবাইখিএ হায়দবরা?

হে লীক্লাইও থাংয়ি তাওবুং খোংদৌবদি য়াওরৌ শায়াম কনা মুঙাই মরাং কাইনা মরাল মোংবা য়ুমদাং শংদা বাইথুংলরে। তালোই মরুস্বী ইরেম তোইবী লৈমদি মোংবা শরোং লপলেন কাদা মোমসু মুহৌ তোংগুম্বীবু অমরক তোংমমরে। লোইদাম থাবু শি, লাংহৈ কুম্বু ওলবদা মপারী নাওকম অতোনববু শাৎনরে। তাহোং ময়ুং কুই, লেমথোং মফৈ পাক্লদি পানমমরে। মপারী য়োই কামু কামু অতোনবনা অচাও লেপফারক্লবা শাংবা লেপ্তুমবগা পাথং মথোক্ল-ক্লবদা পলেম মমানা বাহমথিএ। পারী অতোনবও নাহন নপল পলেম ঐনা ইপাম লুবাং লাইবু লাইথুংদৈ, মোমহু থুজিন শোন-জিল্লাইবু লাইকাঙৈদা নপল থাংয়িবনস্থং ইঙা লৌখোং থৈগুম্বা থৈদোকদৈদা নচি পাংথং অহনবগা য়ুনাওরোই য়াইমবগা অনিমস্থং নপল ঐবু মীরাইএ। পলেম নমা ঐবু লাঙোন্দে নচি লম্বু লম্মুলো। লম্নেন লম্বুল বাইপলসি ভাসেপ লাইকা ঈ কুম্বা লাইরক ঈবু ভাপী ভাক্লমশোই অচৌবনে। হয়েং পোইরৈ চাদোম্না কাওদনবা, বাঙম

শুংদাম্না নিম্নবা লম্বু মুন্নো হায়না রাহম্নবগা মপান্নী অতোম্বা কামু কম্বোংবনা পলেম থৌতিক থোনগীবু কোরৌ হুমিংমাদা নচি পাথং অহনবদা পাওম্নেনখিএ।

ইশাবী চেংলৈয়োই পাথং অহনবও লেম্নৈ অকুম শোই লম্পুন শোইরেন অচৌবদি কোয়ৌ অসি হুমিংমদগী নশানৌ ঐগী লমনে হায়না পাওমেনখিএ। মশাবীনা পাওখুমঙাম্মে শানৌ অতোনবগু করি রাবু হায়ঙম্বনো। পলেম পীমচা পম্বৌ পামচানে হুমিং ঐনা হায়া উইএ। থাবা ঐনা হ়ম্না থাইএ। শোইরেন ঐনা হায়া হুনবনিগীনা লম্পুন শোইঙাক ঙম্বনে, লমলাং শোইশেন ঙম্বনে। নাচি লমবু কদোবা লম্মুসবনো হায়না পাওখুম্ববু মশানৌ কামু অতোনবনা শাবিও নংদি নপন পামদবী পলেম ওম্বেবী মচানে। নশানৌ ঐদি ইপন হনজবী পলেম অচানবী মচানে হায়না পাও-খুম্নবদা মশাবী পাথং অহনবনা পাইমা উনগোইম্নংদা নিংখলখিএ। পলেম থৌতিক খোনবু ওইরিঙৈনে হায়না তাংজ মরু জুক্রা, কনজাও মথৈ লৈতনা তাংজ মরাইপকপু শমু খুংনা নম। পিরেম চাইজি মরাং হৌনা মীকপলমএ। অহুনোংগীবু লম্নেন লমবুন হেকপশি হেসোন পান, ভাসেপ লাইকং ঈকুম্বা লৈমক ঈ লাম্লোই চীংঙারেং থম্নৈ লৌথোং শোইও তৌনা কৌএ। তালথোং মনিল নাই লেম-থোং মকৈ পাক্লা পালম্মে হায়দবরা?

হে লীক্লাইও নমু থোইয়ম লাইয়িংথৌও নমু হৈনা চাওবা চীংজেং নারন পাঙনবগী মৈনা রাই তাংনা শমনা লেমথোং লৈশাং নিংথৌ চম্নু তাম্বোং অহোংবও তৌনা কৌএ। নাহন হয়ি চকঙৈগী

লৈন্থুং খুন্নুংশৈ অরিবা, খম্নাং পাবারী ইরেং পুবারী অক্নবনু শিদবা মপাল থা, নাদবা মউ লিংঙৈগী বারী অহানবনে। খোইয়ম লাই-য়িংথৌ পাঙ্গনবগী মপোক অক্নবনে। চীংঙু তাম্হোং হাকোকপা সরারেন অরিবা অহুম্নগী বারী লেংশিনশৈনে, খোইয়ম অহুম্নকপু মুংমু শিদবঙ কৌএ। চীংঙু খোইয়ম পাঙ্গনবসুং পাসা মপুং য়াইদগী পোইরৈ সনা পুংদা মরাল বাইথুংলরে। চীংঙু অহুম্বনা চীং মালং কৌনা চুপওই শেং ওইনখিএ। খোইয়ম অহুম্নক্না চীক্লেমম্না কমকয়রে। তায়ম ইরাকমনা ইমাই নোংনেম লাইনা পাংনা মুংমু শিদবা চেংজা নাদবনু মানবী খুতপ্ন মুকমু লৈতোন কোম্না হয়া লাওনা কোনশিল্লমগে হুয়ি হয়া হে।

---

লোইরবা

